

# প্রজাতন্ত্র নুমিৎ য়ৌরক্লে



। অমশ্বংর ॥

Prajatantra Numit Yourakle llection
of Manipuri Poen

অহানবা ফোংবা ১৯৭৯

অনিশুবা ফোংবা ১৯৮১




ফোংদোকপা — সেগাইজম ব্রাদার্স,

নম্বা প্রেস — পাইওনিয়ার প্রিণ্টার্স, শিং

মমল — লুপা নিপান।

লেখকী ফোঙলবা অতৈ লাইরিকশিং

১) পিদোন্না হায়জবা ( কবিতা )

২) অশংবা ঈথক ( কবিতা )

৩ হঙোই খোংবদসু লিঙ্গ হোংবদসু

(ক

৪) কখোকপা ( উপন্যাস )

প্রজাতন্ত্র মুমিৎ য়েঁর।

বাকৎপা

মনুংদগী অমুক হেন্না মনু

চেন্না অমগী ঈশৈ

মৈগী মচানি ঐখোয়দি

মৈগী মচু

বা ভাংলকই

মৈঙাল বাৎপদগী

মিংয়েং

ঐখোয়গী ভারতবর্ষ

লৈপাক মওং থিজিনবগী লম্বী

লৈগী পরেং পুন্থনা ঐহা

বে

ফোরবাদ মার্চ

কবি নজরুলগী মফম দা

সমরেন্দ্রগী খুদং ইনবা কৈ

শৈরেং শৈরেংগীতমক্

মুনগী পাউ

ইমাগী বাহং

মঙ অমম্থং ভাইবং

হৈরতন্ত্রগী মায়োক্তা থৌহূনা চৎ

ঐগী গাড়ী

## প্রজাতন্ত্র নুমিৎ য়োরক্লে

অমুক হন্না কুমগী প্রজাতন্ত্র নুমিৎ য়োরক্লে
অনৌবা কুমগী অনৌবা বা অনৌবা শৈশক
থন্নবগী নুমিৎ শকনবগী নুমিৎনি।
চংখিবা কুমগী অৱা অনং কয়াগী
চাউরবা পোৎলুম কোকথোংদগী থন্নগা
থন্নগনি ঐখোয় পুম্বা তম্পাক অমদা লেপ্পগা ;
থন্নবগী নুমিৎ শকনবগী নুমিৎ থম্মোইগী নুমিৎসে
থুংলরে অমুক ঐখোয় পুম্বগী থোংজিন্দা
থম্মোইগী ইরাং কয়াগা লোয়ননা,
থম্মোইগী নুঙাইবা কয়াগা লোয়ননা,
অনৌবা কুমগী মীওইবগী নুঙাইবা, মীওইবগী আশা,
অমুক হন্না জাতিগী ফরাল থাদা,
পুক্নিং অমত্তদা অনৌবা ৱাশক কয়াগা
থন্নগনি ঐখোয় পুম্বনা' থন্নগনি 'ঐখোয় পুম্বনা
অৱা অনং কয়া খাইদোক খাইজিন তৌত্লনা
অমুক হন্না কুমগী 'প্রজাতন্ত্র নুমিৎ য়োরক্লে।
ঐগী পোক্লফম লমদম ঐগী খুনগী মী।
ঐগী কৈরোই লৈকাইগীং মী, লমদম অসিগী মী।
অমুক হেন্না নুংশিরকই, অমুক হেন্না থম্মোইনুংদা চংলকই।
আ! কয়াতা ফজখ্রবা ঐগী পোক্লফম লমদমনো।
মাংদা য়েংই শংবানবা বড়াইল চীঙ
তুংদা য়েংই শংবানবা ফৌরোইগী জগোই
মরক্তা নংনা ঐনা চৎকদবা লম্বেল।

লম্বেল অসিদা নংনা ঐনা চংলকপা ফনা কুইরে
লম্বেল অসিদা নংনা ঐনা চংলকপা ফনা কুইরে।
চহী কুমজা কয়া লম্বেল অসিদা চংলকপদা।
থেংনরকপা উনরকপা কয়া ফোংনা হায়বা মুমিং
মীয়ামগী প্রজাতন্ত্র মুমিংনি।
হায়রো কবি, হায়রো নংনা পামজবা রা হায়রো
শংবানবা পামেল উনারক্তা
পামেল উফৈ অমদগী উফৈ অমদা
চোংনা ফন্না জগোই শাবা কোকিল নংনা
বসন্তগী পাউজেল, মুঙাইবগী পাউজেল চেনবা মুমিংনি
লিনগী থাম্নাভা চংলবা
পাম্বৈ লৈজত্রবা হঙোই নংগীস্থ কপ্চবা মুমিংনি।
চহী কুমজা কয়া চৈতন্য প্রভুগী
মুংশিবগী মন্ত্র কোক্থোং নাহুনা
পুহুনা লাক্লবা ফাওবা মী মান্নবা
ওমজদবা হে লৌমী শিল্পী
নখোয়গীস্থ হায়জগদবা লাউজগদবা মুমিংনি।
হায়রো, হায়রো, মানা মানা পামজবা হায়রো
কুমগী প্রজাতন্ত্র মুমিং য়োরক্লে।
হায়রো, হায়রো, কবি হায়রো মুংশিবগী রা হায়রো
মঙালগী রা হায়রো লোৎনা ফোংনা
নশাগী পামজবা নশাগী শেমজবা মায়থোংগা
ইপুংঙৌ পাথংবগী মায়থোং, মহাত্মাগান্ধীগী মায়থোং,
শেমনিংবতা শেমহুনা হায়রো।
মীয়াম্না ভাবদা মুঙাইনবা, মীয়াম্না ভাবদা মুংশিনবা

অমুক হন্না কুমগী প্রজাতন্ত্র নুমিৎ য়ৌরক্লে।
নুংশিবগী তম্পাকসিদা ধর্মগী লমদমসিদা
শেপলবসু শেপতে, খোইরবসু খোইদে,
নুংশিবগী রা ভাংবা নিপাদি
মঙালগী রা ভাংবা নিপাদি ;
লাইরিক লাইসু হৈত্তবা পংলবা নচা ময়াম য়োকচরী—
ভারতইমা

নংগী নতম্পাকতনি মীহিংচাগী চাউরবা লাইশঙ
নংগী নতম্পাকতনি হেনগৎলিবা লংজাগী ঈ-তোং।

চেঙপোৎ কোকথোং নাহুনা
লমদম থাপ্না চৎতুনা
কৈথেলদগী হল্লকপা
মচা ময়াম য়োকচবদা

অরা মৈশা লাংলবা মীতৈ ইমা নুংশিবী
তুলসী মচুন থকচবী নচাশিংগী অরাবা
হায়জবগী নুমিৎনি, খঙহনজবগী নুমিৎনি।
অমুক হন্না প্রজাতন্ত্র নুমিৎ য়ৌরক্লে।

মীয়ামগী নুঙাইবা মাংদবা ঐগীসু নুঙাইবা মাংদবা
ঐখোয় পুন্না চপমান্নুনা, লেম্বা হিংবা ঙম্বা
লাইরা খন্নবগী নুমিৎনি, খন্নদবসু য়াদবনি।
লেন্না মাংহনবা য়াদে ফংঙমদনা ফংলবা প্রজাতন্ত্র নুমিৎনি ।
শামু মতুং ইন্দুনা য়াউ মতুং ইন্দুনা
নশাগী রাথল মায়োক্তা সমাজ য়াইফনবগী মায়োক্তা
নিংথৌ ফম্বাল পামজহুনা নিংথৌলায়নানা নারবা খুৎ
থাঙ্গৎপগী নুমিৎনি থাঙ্গৎতবগী নুমিৎসুনি।

কনকলতা ঝান্সীরানী, লিনথোইঙম্বী নিংশিংবা মমিংনি।

লালা লাজপটরায়, মহাত্মাগান্ধী, নেতাজী সুভাষ
নিংশিংবা মমিংনি।

থম্মোই মমিংসিদা ঐরাবৎবুস্ন নিংশিংনিংই।

থাম্মোইগী মমিংসিদা মুংশিবগী মিংথোন্দা
মীয়ামবু ঙমহন্না চাম্বিবা কাংবুহুগী ময়োক্তা
ৱা অমত্তা হায়বা কৈ, খোল্লও অমত্তা হাউবা কৈ।

অমুক হন্না কুমগী প্রজাতন্ত্র মমিং য়োৌরক্লে।

অমুক হন্না কুমগী প্রজাতন্ত্র মমিং য়োৌরক্লে।

াকৎপা

ীতৈ জাতিগী ইতিহাসতা
ীতৈ জাতিগী ইনাৎতা
কল্লবা মশক তাক্লিবা
ুতাইবা মশক তাকলিবা
শজিবু নুমিৎ মতানিসে
মনিপুরী ঐখোয়গী পুকচেলসে
মুংশিবা লৈরাং শাংলিবা
ঈশৈগী মগুন হেনলিবা
:কারোগী মশক খঙলিবা
লেপ্তুনা চেনলিবা ঈচেলদো
মশক নাইরি চৈথারোল কুম্বাবা।
কুমগী নোঙ চুরক্লে
হয়াওবা মুংশিং শিংলক্লে।
নোংজু ইশিং ফংবদা
কংতুনা লৈরম্বা হৈপাল উপাল
মশা মরেং ফন্দুনা হয়াও তয়াম নোকচরক্লে
লৈকোনগী লৈরাং লৈশাং তমলক্লে।
নিংথমগী ইংলবা মুংশিংচৈফু লোমখ্রবদা
তাইবং লৈরাং বসন্ত লৈরাং খিবিকস্পু
অনৌবা ফিজোন য়াওন্দা অনৌবা ঈথিল ঈপাক্তা
লৈপুন পরৈ চেংনরৈ শানী শানৌ কয়ানা
তাইবং হমু হনুবী তাইবংপোৎলুম য়াংথোক্চে।
তম্পাক্সিগী হয়াওবা তম্পাক্সিগী কাইনবা
তাইবং লীলাদো তাইবং মিৎয়ানা য়েংজবা
মপু মাগী লীলাদো নিংশিংহল্লি থম্মোইদা।

ওসি কান্তি থিনবা মুমিংনি
মপা মমা কায়নবা, মচিনমন্নাও কায়নবা
সাগৈ নাতৈ কায়নবা মপাম লমদম থাদোকপা
মিৎতগী পিরাং শিন্থবা হরাওবগী ঈপাক্তা
বর ময়ুমনা তিনহনবদা তম্পাকসিগী ফজবা
মালেম ইতিহাস ঈচেলদা ফিদমগী মশকনি।
তেংথাদবা ওম্মোই থম্মোই শেংনা রারোবা
মীতৈ চৎনবী মাংথরকপা রাকৎতবা ওমদে।
মীতৈ লুহোংবা চৎখিবা, মালেম লৈমনা য়েংজবা
ইচু তানা ফিজোনবা, নহা পাখং হমুবা হমুবী
বর যাত্রী য়াউজরুবা, মীতৈ মচা ঐহাক্না,
অনৌবা ফিজোম্না লৈতেংবা মুপা মুপী পূম্বা
সভ্যতাগী অরাংবা ফিদম মশক্ ফিজোননাইবা
অঙৌবা ইন্নফিগা তিনবা লিক্লা কোরৌমঙান
তিনখিবগুম তিনলি
ফজরবী লৈতেংদা মকোকতা লুবাক্ হাপ্তুনা
লাইপোৎপুবী ভুং ইন্দুনা পরেং পরেং চৎপা
লৈরাং পরেং পাংখকনি, মীতৈগীদি চৎনবীনি।
মপুরোইবা ময়ুমদা চৎপদা তেক্তা কাইদবা মো অমনা
তরেং কোকৃথোং নাজুনা যাত্রা পরেং মমাংথা
মনিপুরী জাতি ঐখোয়গী ফিশালোনশাবদা
হৈনজবী জাতি অমনি তাকৃচরকই ইতিহাসনী চেনা।
লাইরিক লাইশুহৈবা ঐখোয়না সভ্যতা অরংবা ভাবতা
নোংমতম্থ শিংথাদে ফিশা লোনশাহৈবী মীতৈমুপীবু;
ওসি মতম য়োরক্লে মনিপুরী ঐখোয়না
ফিশা লোনশা হৈবীবু মালেমসিগী চেনাদা
মগুন রাংনা ইতুনা ভুংগী মীওইবা জাতিপুম্নমক্তা খড়হনবা

পোংলোই লৈরাং কক্সবী মৌনা শেংপা লৈমক্সবী
জগোই রাসকী লাইরা থরাই মিংস্না অনি শুমহংপা
জাতি অতৈনা শিংথবা মনিপুরী ঐথোয়না কাউথোকপা।
কাউথোচদে ঐথোয়না. ওসি রারেং অনিনা
তাকচরিবে ঐখোয়না তাইবং মালেমদা লাউনা।
কাছাড়গীদি তম্পাক্তা, ঐখোয়গী পুন্সী মশক খণ্ডবা
মণ্ডাল য়াউদবা হৌথ্রবা ঐখোয়গী মতমদা
ঐখোয়গী ফিশালোনশা পোংথোক্লা
কৈথেল পুন্বা কনলম্বা মীতৈ মুপীগী মতেংনা
ইমুং কয়া হিংজরম্বা. রারি শিংবুন কয়াদো
রারি ওইনা লৈখে্রদো, ঐখোয়গী ফিশালোনশাবনা
ঐখোয়গী অর্থনীতিগী য়াংলেনশক্ক ওইরম্বা
ঐখোয়গী অর্থনীতিপাম্বী মাংশিনলকপা উরগা থম্মোয়
কাইনা কপনিংঙি
কনাদবু তাইনগনি? মতমগী খোংলৈ মতুং ইন্না
য়ুমশা ফিশালোনশাবা ইরাক্করে, মীতৈ তাইবং মুপীশিং
ককণ্ডাওনরে কৈথেলদা রানা শাজরুব ফিথোক ফিরেল
মতিক চাবা অরামন ফংদতুনা হল্লকপা মালেমসিদা উজ্রবা
মালেম অসিগী ইতিহাস ওইরকপা মিলগী ফীগা তান্নবা
মাইথিবা ইতিহাস-চেনা নোংমা নোংমা হেনগংলকপা
তম্পাক্সিগী মীতৈমুপীপুম্বা থুংহামখে্র ফিশালোনশাবদা।
শতাব্দী কয়াগী অরা অমানা মরুফুকনা মাংহনবা
শুমদ্রবনি ঐখোয়গী খম্বা থোইবী ফিজেং শিম্ন চেনা;
সভ্যতাগী ইতিহাসতা ঐখোয়গী সাহিত্যনা
মহাক্কী মগুন হন্না হন্না কোংদোকলম্বা
রাহৈ লৈরোং মরক্তা কক্সিন্ন অঙাংহলনা
পরেং লিশিং কুনথ্রা মরি খম্বা থোইবী মহাকাব্য

মহাকাব্যগী জগৎতা ঐখোয়গী ইতিহাস-ফিবান্
বাংলা থাংগৎলিবা

কবিরত্ন অঙাংহল সাহিত্য ইতিহাস চেনাদা
রত্ন ওইনা ঙাল্লিবা হন্না নিংশিংদি।
ইমা লৈবাক্ মনিপুরদা কিশা লোনশা জগৎতা
অনৌবা লৈরোং খোঙ্চৎতা মীতৈ ইমা খিবিক্লা
অনৌবা মচু কয়ানা মীতৈ ঐখোয়গী ফীথোক্
পুথোক্চহনা স্নাকথেলদা, মিলগী ফিবু নমহৎতুনা
হিংজরিবা তাইবং পুন্সী কয়া, মীতৈ ফীথোক্ মালেমরক্তা
মালেম লৈরাং লৈরোংরক্তা মকাফন্না শাৎচবা
পুক্নিং মালমনা পেনজবা কনাদবু পাউথাংসিগে?
কাছাড়গী মীতৈ তাইবংনা, লৌরাইদা খুন্দাহনা লৈবনা
অনৌবা অতিয়া মথাদা, অনৌবা মচু খোঙচৎতা
পুন্সীগী হোংলকপা খোংচৎতা, করম্ হায়না থৌজিনগনি?
মতমগী ফিশালোনশাবা। খঙ্দবনা লম্ন্নুক্রে।
মীতৈ ফিশালোনশা জগৎতা, অমত্তা ঙানবা মনিগুম্
মালেম্ ফীথোক কৈথেলদা, মীতৈ লশিং ফীনা ঙানবা
মীতৈ পারী অপূনবা, থরাই তানা খঙ্লবস্থু
তাংজবা মীতৈ পুন্সীনা, থরাই তানা শোগৎপা
অনৌবা থৌনা হাপকৎপা, অনৌবা থরাই হাপকংপা
অনৌবা ইতিহাস শেমগৎপা, তমজদবনি ঐখোয়না।
মালেম ফীথোক তমপাক্তা পোকখিবনা মীতৈইমা নতপ্পাক্তা
মীতৈ ঐখোয়গী লশিংফী জাতিপূম্বনা লশিংফী হায়না
খঙনবা

ফীথোক মালেমরক্তা হায়ু মীতৈ কাব্য ইমা
মীতৈ ইনাৎ লৈনাৎ চাউখৎপা শিংথাজবা ওমগত্রা?
মীতৈ থপ্নোই লৈরাং রুৎচবা কবিরেলগী খুয়াদা

শজিবু কুনমঙাশুবা মুমিংমা নোকচবা কবি পুক্লিংনা পেনজবা
তিনখরে লৈকোনগী লৈরাং কয়াগা অনৌবা মচু মচুদা।
কবিরেলগী লৈরাংনা ঙাহাক ঙানথোকলম্বা থম্মোই অতিয়া
খঙহৌদনা মনশিনখিবা নোঙগী ফিজংনা কুপখ্রবা
নোংখাক নোংলৈনা লানজং কৌরকপা
মীতৈ য়ুমথোং খুদিং নিংলকপা
মীতৈ তাইবং খুদিংগী চরাওবনা তিনখিবা
পুক্লিং ঈচেল মিনশেলদা কাউখ্রবনি অয়ুক্তা।
তাইবং ঈনা হিংজবা তিনফা কাকফৈশিংনা
মাংখ্রগদ্রা মখোয়গী শান্নবুং থক থক নিকনা খাংজবা
মীতৈ কাব্য ইমানা রাহৈ লৈরোং ফজবনা
শকখ্রবনি মালেম সাহিত্য লৈকোন্দা।
শরিক মহুন উরগা থম্মোই পেন্না মুঙাইবগুম
মুঙাইখ্রবনি মীতৈ থম্মোই কন্নানা। তাইবংলীক্লাম
ময়েক শেংনা তাকখ্রব ইতিহাসনা।
ইতিহাস য়াকাইরোল খোঙচৎতা বিজ্ঞান পান্মী থাত্নুনা
পুন্সী মকা লান্না শাৎহনবা
ভারত পন্থৌনী কয়াগী মঙলান্নি।
মীতৈ তাইবং শক্তম শৈরেং উরগা
পিনোগনবা কবি ঐদি কপ্তবদি ঙমজদে।
জাতি বিজাতি খঙদনা খুন্নং খুন্নং চৎতুনা
লৈখোম মুংজেং মরক্তা মীতৈ ইমা মুংশিবী
ফৌ বোরা বোরা কোকথক্তা হাপ্তুনা পুজবদা রাজরবী
চেম্প্যাক মুরি য়োনজবা স্না কৈথেল ময়াইদা
লৈবা য়েনবগী কৈথেলদা মশাগী লনবু মংহন্দনা
মচা ময়াম য়োকচবা মপুরোইবা থম্মোই পেলহনবা
হিংনবগী লানফমদা। শৈরেং ওইনা লৈরিবা

করি হায়না শিংথাগনি করি হায়না শৈশক্কনি
মীতৈ পারি মমোমশা মীতৈ ইমাবু নুংশিবা
মীতৈ ইনাৎ লৈরাং শাৎহনবা
মীতৈ পুম্বগী থৌদাংনি মীতৈ সাহিত্য চাউখৎপনি।
মীতৈ ছন্দ লাইয়ুম্বা মুপী ছন্দ ফজবা
করম তৌনা মাংহনদবা করম তৌনা হিংহনবা
নেশাগী শাথপ থাদোক্তুনা হন্না হন্না খন্নবা
মীত অতিয়াদা হৌরক্লিবা নোঙনা
তরাম তরাম ওকশিনগনি।

মমিৎ লাউনা ফাকতোক্তুনা য়েংলিবনি নোঙলমনা
ইপান মাগী থায়াইদা মীতৈ ইমা নুংশিবীনা
হায়গৎতুনা ফিজোন খুনক্তা মপুরেনাইবগী তুংইন্দুনা
লৌলিং শরুক য়ারিবা শিন্মী মুপি খিবিক্কা
অমত্তা ওইনা শাংলিবা লৈরা লৈকোন ফজবা।

জাতিপুন্নমক্কী ইমাদগী রাজ্জরবী মীতৈ ইমা
নংবু তাথি তাওই তৌবা মীতৈ ইপা কয়ানা
মীতৈ ইনাৎ লৈরাংগী লৈকোন্দা
অমম্বা মচু শংবা মীতৈচন্নুনা মায়োক্নবা
লাইরিক হৈবগী খুদমনি চাউখৎপগী মশকনি।
মীতৈ ইনাৎ লৈকোন্দ শেংফাংতবা নুংশিৎ অমা
শিংচিল্লক্লে খনবদা কবি পুক্লিনা নুঙাইতবা।
শাস্ত্রীয় সঙ্গীতকী অরাংবা মীতৈ নট সংকীর্তন
কাছাড় মীতৈ লনদমদা নোমা নোংমাগী শিথরকপা।
কলেজ শিক্ষা ফংলিবা মীতৈ পারি কয়ানা
তান্না খোঞ্জেন ভমজবা তান্নাওইনা শাংচবা
নট সংকীর্তন লৈকোন্দা করম্বা থম্মেইনা পাম্ড্রিবা?

লৈকোনসিগী ৱারি কয়া কয়া কাব্য ইমানা লৈকোন্দা
থুপচত্নুনা থমজবা ৱাহৈ লৈরোং খোঙচংস্তা
মঙ ফাউরক্লে অমামম নিঙোল থাজবী ইমানা
লাইরবনা ঙকশম য়োখিবনা থমোইনাদি পিনিংবা
অউন-পোং লৈত্তেং শুরকতবদা ইনাকখুন মচা নিঙোলগী
অউন-পোং
মমিংতা শং শং উরকপদা মমামচা হৌনা কপমিন্নবা।
লৈরি লৈরি অতৈ ৱারি কয়াস্তু লৈপাকসিগী অশেংবা ৱারি
চংখিবগী ৱাবি কয়া চৎলিংগী ৱারি কয়া
থমোই কাইবা ৱারিনা কাব্য জগৎকী ফজবনা
তুমলুরবা নুংশিং মঙফাউরক্লে ঙসি কোরৌ নুমিংসে।
ঐগী য়ুমদা য়ান্দুনা লৈরিবা ৱাল ঘরিগী খোঙচৎ
মিংকুপ নাহুম ঙাইদনা খিংতুনা চংলিবসিনা
তাক্লি মালেম মাংলমদা চংশিনবগী থুদম ফজবা
ফজবগী মালেমরক্তা চংশিনবগী খোঙচংতা
স্কুল কারকপা অঙাং অমা স্কুল তম্পাক ময়াইদা
খঙহৌদনা হায়থখিবা লাইকন ঙমখৈ লোইরগা
ৱাংং পাউথুমগী তম্প্যাক্ত চারক্তবগী ঈপুম হৈদখিবনা
তম্প্যাকসিগী ফজংদো খঙহৌদবা মাংখিবা
খোরিরোল ৱারেং শিল্প ধর্মদা য়াকাইবা
ঙমলিগনি শোয়দনা য়াকাইবা পুন্সী কয়া।
থাজবগী মশক ওইরিবা লেংদ্রবগী মশক ওইরিব
বড়াইল চীংজাউ নংনা তম্পাক অসিগী নাক্তা
অতিয়ারোমদা নকোক থাংগৎতুনা করি ৱারি শারি?
মখল মখা লৈরাংনা লেংবা লৈপরেংনা ফজবগুম
মখল মখা জাতি অপূনবনা খুন্দারিবা তম্পাকসি
ফজবগী শক্লোন তাইবং পুন্সী লৈরোংসি

কবি ঐনা পামজবদা অমুক হেন্না ফজরকপা
মুংশি বাঁশী খোঞ্জেন খোঙচংতা
ভারত ইমাগী মায়থোং মকালায়া নোক্চগনি ।
তুরেল ঙাবু ফাহুন লৈপাকসিদা চিক্‌না
তাইবং পুন্সী লেনজরিবা পুন্সী চেনা লামায়দা
ভারত কাবা লৈকোন্নুংদা লৈরাং ওইনা শাংলিবা
ঐখোয় খুঙ্গংসিগী ররিদা সাগৈসিনা হিংলিবা
ইমা নংগী সাহিত্যনি ইমা নংগী মিনশেলনি।
নোংলৈ মুংশিং মরক্তা অহিং চুপ্পা ইনখোল্লরগা
ঙাচাউ ফাবা মুমিংতা মপুক থন্না চাজবা
অমতম্ফু ফারক্তবা মুমিংতা চারা হেনহুনা থাংজবা
মচাশিংগী কপচবদা থম্মোই কায়না মৈচাক্লা
অমম অঙাল পুন্নমক্তা য়ুমসিদা থনখিবা ।
কাব্যসিগী ঈচেলদা চীংজী নুজা লাইরেম্বী
দূর্গা ইমাগী খোংদোইদা লাংবন থাগী চিদাইদা
মানা মানা ঙমজবা ফিজোন লৈতেংহুনা
হরাওবনা মাংওই অৱাবনা তুংওই
অনৌবা মচু মচুদা মালেমসিগী তম্পাকসি
অরা অনা-ৱারেংরক্তা পুন্সী শক্লোন ফজখি ।
ওন্থোকপনি ! তাইবং কাব্য জগংসে
লাইরবনা তাইবং কাব্য ঈচেলসে
ঙমদবনি মুথংপা চেন্থরক্লিবা ঈচেন লৈশেমদগী হৌনা ।
যুগ যুগ খুদিংদা উমংদবু লৈরবস্থ
তম্পাকতবু লৈরবস্থ ঈপাকতবু লৈরবস্থ
সাগৈ অসিগী নিঙোলতা নত্তে তাইবং নিঙোল পূম্বা
লৈরাং লৈনা লৈনা খুদিংনা মতমগী ফজবা উংলকপা
তাইবং লৈকোল য়াকাইবা

নিপা মুপীগী মরী
বাহৈ পরেং ওইরিবা
তৎনবা থানবা য়াদবা পুন্সীগীদি পাউথুম্রনি।
থারল ফরবা অহিংদা
লৈরাং থোইমু চিল্লোরুবা
থুঙনসিগী লাইরবা ইমুংদা
মাংথিরম্রি তাইবং পুন্সীগী অবা অনা
বসন্ত মুংশি ঈশৈ মীনোক্তা
পুন্সীগী তাঞ্জা অহুদা
নিংথৌ কনানো ? প্রজানা কনানো ?
অমওনি পুন্সীপুম্বা। অমওনি কাব্য ঈচেলদো।
তম্পাকসিগী লাইরাকোন্দা হৈরাং মরু তাখিবা
অহিংসিগী থাবলনা ঙাইবিরমদে পুন্সীখোঙচতো।
শজিবুগী চুথরক্লিবা নোঙসিগা
চাউখৎলকই হৈরাং পাম্বী তম্পাক্সিদা
পুন্সীগী মশক তাকলকই।
মীতৈ সাহিত্য ফজবা
বাহোং জগোই শাথেক্তা
শজিবুগী নোঙজুসিগা লৈরোং কয়া হাপুনা
আধুনিক শানৌ শায়োন্দা
মালেম লমজাত্তদা চৎপদা
করম্বা তাবোক্কী থম্মোয় পেম্লোয়দবা ?
লৈপাকসিগী তম্পাক্তা কাহেন্না চুথরকপা নোঙনা
জাটিঙ্গা তুরেল ঈহৌবা বরাক তুরেল ঈহোবনা
তমথিরবা ঈচাউবা কয়া মায়োক্লবা
ঈচাউবগী ইতিহাস অদো
তম্প্যাকসিগী বারি ওইনা

তম্পাকসিদা হিংলিবা পুন্সীনা নত্তে খণ্ডদবা।
অচুঙবগী ঈচাউবনা য়ুম কয়া লুপশিনখিহুনা.
শৈগাই মথক্তা লৈখিবা
চাবা থকপা মফম মরাং খণ্ডখিবগা
মমা শাবী কয়ানা অঙাং কয়া মথাদা কোন্দুনা
মপুগী নিংথৈবু শোন্দুনা হুংশিবা শকম উংখিবা
তাইবং পুন্সী ঐখোয়গী
মহৌশা লাইরেম্বীনা তপ্পা তপ্পা চংশিনলকপা হিংচবগী
মহৌশুন
বরাক তোর্বান নিংথাইরকপদা
য়ুম কয়া কয়ানি য়াউখিবা।
ঈচাউবা পরেং লেংখিহুনা
ঈচউবনা লুপশিল্লবা য়ুম কয়াগী মুস্বী নখোং
মালেম লৈমানা য়েক্লবগী মতৌশুম
পুঙভমদ্রবা কায়োৎ আদো অমুক হেন্না শোননথরক্লনা
চেংনা পাইজরম্বা খুজেং পালোই থাদাকপদা
কাকা লানবাও শিংৎলকপদা অমম অঙাল কায়নারক্লা
হনুবা হনুবীদো পারি মমোম চেংনা কোল্লগা
খোঙ্গেন কায়না কৌরকপা কনা কনা লৈবগে?
ঐগী য়ুমসে তুথরক্লে ঐখোয়বু কনলো লাও।
মীপাইদবা ভমখিদে মীমুংশি খণ্ডবা থম্মোইনা
চংশিন্দুনা কনবিখি ঐখোয় ময়াম চৎতুনা।
মীতৈ সাহিত্য লৈকোন্দা
মুগ কয়াগী থম্মোই ফিল্টার যন্ত্রনা
শেংদোক্লবা অচম্বা থম্মোই ঈশিং পুহুনা
মীতৈ কাব্য জগৎতা মুংশি মরু থাখিবা
কবি কয়াগী য়াকাইরোল ঈশে শকখিবা

মুংশি লম্বী লমশাংদো
থঙহৌদনা ষনগী শক্তিক ওইখিবা
ঐখোয়গী থম্মোই লাইশঙ থুগাইহনা
ইতিহাসকী চেনাদা মীংলেন ফম
মীতৈ কাব্য লৈরাংনা ইকাইখুম্নবদা
লমজেন তান্নবগী খোঙচৎতা অনৌবা থরাই হাপর্কংহুনা
তাইবং পাত্রদা অনৌবা অর্থ হাপকংবনি।
লৈপাকসিগী রারিদা থাবলগী মেংলবা মঙালগুন
থম্মোই চেনবা ইনাক খুনবা কয়ানা
লাইরবদা লপা পয়সা কয়া পিহনা
থাবলগী মেংলবা মঙালনা লৈপাকসিদা শন্দোকপঙম
লাইরবগী অরা অনাদা শরুক য়ারিবা
ইনাক খুনগী মীমুংসি মঙালনা
সমাজসিগী অহোংবা করম্বা মতমদা পুরকখি ?
রামগুম্বা নিংখৌ অমা
লৈবাকসিগী ইংলবা মুংশিংকী মপা ওই
মীয়াম পুক্নিংদা শান্তি পুরক্কনা
রাংতা পাদবা লৈতবগী
লাইরা চেনবা থুংলাই পাইহনা
প্রজাশিংগী মুঙাইবনা ভারতকাব্য লৈত্তেংবা
কসি ঐনা পামজবনি ঐখোয়গী কাব্য ফজবা
ভারত মচা পুম্বগী মঙলাননি।
মঙলানসিগী খোঙচৎতা ইতিহাস চেনা হায়দোকপা
মীওইব জাতি ইতিহাসতা জাতি অমগী ফজবা
জাতি অমনা লৌশিনবা, জাতি অমনা পিথোকপা
লৌশিনবা পিথোকপগী কাব্যদা
জাতিপুম্বা ইচিন ইনাওনি।

লৌশিনবা পিথোকপগী কাব্যদা
অথুবা মিৎয়েং অনোক উপলবদি
চাউথংপগী চাউথং থোংথাংদা
এরোপ্লেন তোংবা তোক্পা ট্রেন তোংবা তোকপা
লৈই অমগী লৈমুংদা লুপচবা — মহৌশা ?
চাউথং মিৎয়েং খুমুং অর্থদা মাংখিবা
কবি ঐদি পামজদে ভারত কাব্য শেমগৎপদা।
শতাব্দীসিগী অথোইবা মীরোল লেনিন
মালেম কাব্য লৈকেন্দা মাও, হো চু — মিন
মীওইবা কোটি কয়া হিংচাবগী খায়াৎতগী মুক্তি
পুরকখিবা
পান্দম লৈতবা কাব্যবু, মীয়ুংশিগী মপা ওইরিববু
মীয়ুংশি খওবা মীতনা ইকাইখুম্নবা উৎচবা
লৈকাংলাগী তম্পাক্তা মুংশি নোংজু পামবনি
রাইহ লৈরোংনা ফোংদোকচরি। কাব্যগী কজবা,উৎচরি।
মাপেমগী মাইচৌ কয়ানা মীতৈ লৈবাক মনিপুরগী
রাইহ লৈরাং ফজবনা মতিক মগুন শকলম্বা
সুমিৎ মঙালনা হন্না শোকপা মীতৈ কায়াৎ অশেংবা
নমথাক তৌহনা থমলম্বা মীতৈ কবিনা কপচবা।
মীতৈ সাহিত্য চাউথংপা ওগ্রি মাগী নিংথিবা
মীতৈ চাউথং থোংগুল, ইমা নংগী পাম্বোই বী থোংগুল
অরিবা সাহিত্য মালেমদা ভারত আতিয়া মখাদা
চাউথং লৈরোং কজবা অমুক হেন্না ঙালহনসি।
ভারত সংবিধান লৈরোংদা, মীতৈ ইমা লোংশিন্দুনা
লৈগী মগুন হেনহনবা, লৈগী মগুন ঙাকলিবা
মীতৈ থম্মোই কাইবা রাহং নিপালগুবা তাংকক-বাহং
অনৌবা বসন্ত থমোইদা পাউখুমলসি রাহং পুন্না।

মীতৈ ইমা হৎকাইখুম্নবা অনৌবা থব়াই হাপ্তুনা
মীতৈ ইমাবু য়োকখৎপা মীতৈ ইমাবু ফজহনবা
ভারত লৈকোন ডাকলিবা মালী নংগী নথৌদাং
থম্মোই শেংনা পাংথোকপা। অনৌবা নোঙলমরক্তা
থম্মোই ভশেং নোংজুনা চিরোন থব়াই হাংতুনা
ফিজোনবদা মীতৈ থাম্মোই অতিয়া করিগী চিংনরি
ভারতপূবাইপাও ?



মনুংদগী অমুক হেন্না মনুংদা

খোঞ্জেন হৌনা ঐখোয়না লাউগনি
খোঞ্জেন হৌনা ঐখোয়না লাউগনি
মীপূম পূম্বগী চপ্ মান্নবা অধিকারনি।
মীপূম্ পূম্বগী হিংনবগী অধিকারনি।

ঐখোয়সু হায় সমাজবাদ
হিংচাবশিংসু হায় সমাজবাদ।
মকম অসিদনি শিন্মীগী লৈক্রম
মকম অসিদনি লৌমীগী লৈকম।
মকম অসিদনি নোংঙ হেক ঙানবদগী
হনুবা হনুবী নহা পাখং লৈশাবী
মৌ মানা মানা ঙমজবা শূরিবা
অহুবু কনানসু মপুক থন্না চাবা
অহুবু কনানসু নোংমদা চাক্ চান্না অনি
চাবা ফংদে। মকম্ অসিদনি
মুমিৎকী মঙাননা মাইল লিশিং লিশিং
লান্দুনা লাকলগা তিংখং পাম্বী উরগা লম্মুক্করিবা
মশিং লাক্ঙমদবা ধর্মমত কয়া
মশিং লাকঙমদবা সাধুমত কয়া
নিংথৌ নং সাধু ওইয়ু
নিংথৌ, নং ধার্মিক্ ওইয়ু
মহাজন কয়ানা, কবি কয়ানা
উপন্যাসিক কয়ানা, নবি কয়ানা
হায়হুনা চংখ্রবনি মতম মতমদা।
অসিগুম্বা ধর্মমত কয়া, সাধু বাহৈ কয়া

ইমাগী খোল্লাং মনম্ কোকত্রিংঙদগী
তাহুনা লাকপা, ময়ুরউদ্দিন, ভূবঞ্জয়
করুণা, কল্পনা, খৈরউদ্দিন, ধনঞ্জয়
তারি ঙসিম্নু, ঙসিম্নু তারি
অহুমু নৈপাক অমিগী মী অমগা মী অমগা
কাংলুপ্ অমগা কাংলুপ অমগা অম্মুক য়াম্না খেন্নব্রা ?

মরুপ, ঐখোয়পুম্বা ইমাগী মচানি
হন্দুনা থিদবা য়াদে, খঙ্দবা য়াদে
খেন্নবগী মরম করিনো ? মরমদি।

খজিক্তং হন্দুনা থিরগা
খজিক্তং মিৎ পাংহুনা য়েংলগা
ইমাগী তম্পাক্তা হিংচাবশিংনা
নং ঐ ঐখোয়গী ঈনা
শাগৎলিবা লাইশঙ্গী ফুরা
ঙাওহল্লিবা ঐখোয়গী রাখল।

মতম অসিদা পোক্লকপা অঙাংশিং
নখোয়দি ইমাগী অশেংবা মচাশিংনি।
হিংচাবশিংগী শৈহেক্লা
ঙমহংপা ঙমদ্রবা নখোয়গী পুক্লিংনা
মীওইবগী মথক্তা ওৎপা নৈবা
মীওইবগী মথক্তা কাউহুনা চৎপা
বারিনা শাগৎলিবা কবিতাশিং
হনজিন হনজিন পাহুনা য়াকাইহল্লু
ঐখোয়গী অভিয়াদা মৈগী মুমিৎ অমা।

---

চেক্লা অমগী ঈশৈ

অয়ুকী নুমিৎনা তপ্পা কাখৎলকই
মহাকী পামজবা লম্বেলচুদা ;
অদুগা মশাগী লৈজবা মঙালদো শন্দোরকই
ঐখোয়গী পৃথিবীগী তম্পাক্তা ।

রাশক্ চেৎলবী চেক্লাচুনা হরাওনা তমলকই—
মহাকী পামজবা লম্বেলদো
ঐখোয়গী ইমানা মহাকী থাইনগী পামজবচুনা ঐবু
লম্বেল অসিদা চৎপদা চিংনে
ঐগীদি, করি অমুক লৈজচুনা কিংগনি ?
নোংমা পোক্লগা নিনিশুনা শিবা হৌনদে
পোকলগা শিবা মহৌশানি ।
নোক্লা নোক্লা শকলকই মহাকী ঈশৈদো মথং মথং
চাববুদি চারি, হিংবুদি হিংলি
হিংলিবা মওংসে চারিবা মওংসে
মীগী মতৌরা, শাগী মতৌরা ?
কনা অমনা থাগৎপি ঐখোয়বু
ঐখোয়দি কাংখন য়াউদনা কাংরক্লা
অহিং চুপ্পা তুম্বা ঙম্মি ;
কনা অমনা কবেন্নবি ঐখোয়বু
ঐখোয়দি মোন্ য়াউদনা উতুপথক্লা
মোন খাংচুনা অহিং চুপ্পা হিপ্পা ঙম্মি ;
কনা অমনা চৎখিবা চহীগী পঞ্জিকাশুম্বা মায়থোং পুচুনা ঐখোয়বু
লাইরবদি কাংথক্লা বোরা শেগাই মথক্লা
হিপ্পুনা লেনবগীতমক্-মপুনা শিন্দুনা থারক্লবনি ।

ঐগী য়ুমগী য়ুম্বী, লোইরি, লোয়পূর্বনা
ঐগী থম্মোইগী মৈচাক্
ঐগী মিৎতগী চেম্বরকপা পিরাং খঙিঙ উরি
ঐগী মালেমদা হৌরিবা উ-রা পূর্বনা
ঐখোয়গী থম্মোইগী মৈচাকী সাক্ষীনি।

ঐদি শিখিবা য়াই ঐনা শকলম্বা ঈশৈগী মহৈ
ঐগী ইশুগী ইশুনা
চাবা ফংলবদি করিস্নু খণ্ড্রবী ঐগী পুন্সী
পুন্সী মশক্ খণ্ডবগী, ইতিহাস মশক্ খণ্ডবগী
অচুম্বা মশক্ খণ্ডবগী
নিংথিরবা ইতিহাসতা
মীয়ামগা লোয়না হিংহুনা লৈহৌগনি।
মসিনা লম্বেলসিদা চৎপগী ঐগী অপেনবনি।

---

মৈগী মচানি ঐখোয়দি

মঙলবা অহিং অসিগী
মাইকৈ মরিমক্তগী ফুইনা
হৌরকপা নোঙ য়েংহুনা
চপ্ লেপ্তুনা লৈপাক অসিগী
ঙা কয়া ঐগী খোঙ্না
নুংকাওনা লৈরিঙৈ
লৈপাক্ অসিগী থাবাক নমথাইহুনা
থোরকপা তনথিবরা লিন অমা
অহিং অসিগী অমমবগী
খুদোং চাবা লৌহুনা কনা খঙদনা
ঐগী থোংলবা হকচাংদা
কাবকপদা ঐনা খঙ্লকই।
নিংথৌগী মীনাইগী মুংশিবা সুরনা
ঐবু হায়জবকই—
চহী কুনথা মতুংদা মালেম লৈমা
মপুং ফানা হরাওনা নোকলকনি।
ঈ খুজোক অমতং
ঈ খুজোক অমতং
ঙসি — ঙসিদি —
হে, মীওইবা নঙোন্দগী চুপচগে;
পাইস্ব লৈজরবা সমাজনা ঐবু য়েংহুনা
ঐগী খুদোং চাদবা য়েংহুনা
তপ্পা তপ্পা অহলগী মতৌগুম্বা
কোনথরবা মশাদো উৎলকই।
মীওইবগী মুংশিবা মীওই অমা

তুমদগী থঙহৌ হৌগংলকই ঐগী
থম্মোইদা, ঐগী থম্মোইদা।
অতুগা লাউরকই—নংস্থ ইমাগী মচানি
লৈরিবগী ভতথ লেত্রবা শক্তি
করিগী কিরি? করিগী কিরি?
অহল নত্ত্রে, অচুম্বগী লাম্মীনা
লানবন শাহনা
মৈগ মচু শংহনা
মৈগী মচু শংহনা
চংশিনসি মাংদা
চংশিনসি মাংদা;
খোঙচংসিদা তপ্পা তপ্ন খঙহৌদনা নোংমা।
হকচাংপুম্বা মৈবুন ওনখিগনি
মতম অতুদা মহুফংত্রবা তা জালিন
নংদি কদাইদা?



## মৈগী মচু

মৈগী মচু করিগুম্বা মতমদা হোংদোকপ্পা য়াদে
করিগুম্বা মতমদা য়াদে, করিগুম্বা যুগতম্ব য়াদে ।

মৈগী মগুন্
মৈগী লমচৎ
ইতিহাসনা ঐখোয়গী খুৎ পাইহনা
পৃথিবীগী মীওইবগী মানচিত্রদা
মীওইবগী লানগুম্ ফিরান্
উংতুনা তপ্পা তপ্পা চংলকপন
নং ঐ ঐখোয়গী অমমবা যুমদা ।

অমমবা যুমসিগী ফক্লাংদা
ছেকপীগুম্বা মখোং অমনা য়ান্দুনা লৈরি
মশিং লাকওমদবা তিং — কাং
অমনা মশাদগী মমৈনা শাংডি
অমনা মশাদগী মকোকনা শাংডি ।

নংতে করিগুম্বা বিধাতা
নংতে করিগুম্বা কবিতা
অমম্বা যুমসিগী কাদগী
থোকনবা হোৎনবদা হনজিন হনজিন্না
যুমসিগী ফক্লাং মরিদা থেংগাইহনা
ইমাগী মচাশিংগী থোপ্তা

চাকৃলকপনি ইতিহাসকী থাংমৈ ।

অসিগুম্বা ইতিহাসকী চেনাসিংগী মায়োক্তা
নিংথৌগী লাংজাশিংনা লাউরক্লি
লানবাও, অহৗগা ইত্বুনা চংলি,   হায়ত্বুনা   চংলি
লৈপাক   অসি   মৈগী লৈপাক নংতে ।

নিংথৌগী প্রচার খুৎলাই মতেংনা
কবি কয়া, লেখক কয়াগী থবাই য়াউত্রবা খুৎই
কৈথেলদা, লম্বেলদা মীওইবা নুংশিবগী ফিজোন য়াউত্রবা ব্রা
অপংবা ইমাগী মচাশিংগী মকমদা
হৌজিকসু শংলি হোংনা ।

নুংশিবগী কোবৈবকত
নিংথৌগী লাংজাশিংনা
ইতিহাসকী থাংমৈগী মল্লিবা মৈঙালগী খুদোং চাবা লৌত্বুনা
থম্মোই অমসুং মৈগী মরক্তা
করি করিগুম্বা মতমদা অনৌবা ব্রাহৈ
হাপচিন্দুনা থম্মোই অমসুং মৈগী মরী   কাহনবা
অসুম অসুম হেনগৎনবা হোংনরবসু
ইমা নুংশিবগী ব্রাখলনা চেকৃশিনবা মচাশিংনা হায়রি
মৈ অমসুং থম্মোই মমা অমওগী মচানি ।
থম্মোইবু খুৎ থারবদি
মৈনা লাল হৌরকৃপা মহৌশানি ।
অত্বুনা মৈগী মচু করিগুম্বা মতমদা হোংদোকপা য়াদে ।

---

ৱা ঙাংলকই

বাউরী খুনগী লুখ্রাবী
ফিজেং শেগাইবগী থাগংফম্নি ।
করিগুম্বা মতমদা বাংলালোন্
করিগুম্বা মতমদা হিন্দিলোন্ ।

হুমিৎ খুদিংগী লাকই
হুমিৎ খুদিংগী চংখি ।
নিবা লাকই
নিহুনা চংখি ।
ৱা ঙাংডি
ৱা ঙাংদে ।

পুন্সীগী ফংজবা জ্ঞান্না লুমথরবা
হকচাং করি করিগুম্বা কোনথরকই ।
অহুগা নোক্লা নোক্লা মীয়ামবু য়েংলগা চংখি,
ৱা ঙাংডি
ৱা ঙাংদে
য়েংহুনা অহুম লৈ ঐখোয়বু ।
অঙানবা ৱাখল কয়া লাকই
অমমবা ৱাখল কয়া লাকই ।
মিংকুপ্তা লাকই ।
মিংকুপ্তা চংখি ।
করিগুম্বা মতমদা মখোয়গী পুক্লিংগী
নৈমায়দা লাক্লিবা ৱাখলশিং অসিগী
মফম খঙজবা খোঙচৎ
ঐখোয়গী পুক্লিংবা শোক্লকই ।
কালেনগী শারবা নুংশাদা

খুন অমদগী খুন অমদা
ঝিলো মিটার কয়া করি করিগুম্বা মতমদা তুংজেন্
করি করিগুম্বা মতমদা লৈখোমগা মায়োক্নতুনা চংপদা
চোক্থরবা খোং অনিদো শাউগংলকই ।
মতম অতুদা ঐগী য়ুমদা ভাহাক্তুং পোত্থাতুনা লৈখোকই ।
করিগুম্বা রাহং অমত্তা ভাইদনা
নিউমিনিয়া নারবা অনাবা মীগুম্বা
মরী লৈনদবা রা ময়াম ভাংতুনা চংলি ।
ময়েক্ শেংত্রবা রায়াম রক্তগী
মীং অমগুদি শেংনা তাবা ফংডি —
থাজাদ্রিবা মচানুপীগী মীং — দামিনী ।
অতুদগী খঙহৌদনা কনাননো
মহাক্কী থম্মোইগী ইলেক্ট্রিক্ থাংমৈগী
মরী কক্থৎপিখিবগুম্বা তুমিন্না লৈখি ।
তুমিন্না লৈ ঐখোয়বু য়েংতুনা
তুমিন্না লৈ ঐখোয়বু য়েংতুনা ।

---

ইনক্ নক্পদা হাইকোর্টকী ফুরা মতোন্দা
ঐখোয়গী ফিরানসে পাইরি।
ইমুং মন্নুংদা শন্দোক্তুনা লৈরিবা হিপফমশিংসে
ইচাই চাইতুনা লৈরি। মখোয়না
তুক্কচবগা হৎগোইবগা লোয়ননা শ্মশানগী মৈথুবু
থাপ্লা থাপ্লা য়েংতুনা থুরুমজরি।

হেপিলজ ফুরাগী মরিশুবা থক্কী
অমমবা চেক্কী লম্বী অতুদা
ফিজোন্ য়াউদ্রবা শক্কক্রবীতুনা ঐগী খুৎ
পাইরগা হায়রক্লি চৎসি অমমবা কাসিদা;
লোয়ননা ইমুং মন্নুংদা শন্দোক্তুনা লৈরিবা
হিপ্কমশিংদো হরাওনা জগোই শারক্লি।

মফম অসিদগী খজিত্তং কুমথসি
খজিত্তং কুমথতুনা য়েংসি—
মঙক্শম্ কক্থতুনা লৈরিবা অশংবা শজিকশিং
অতিয়ারোমদা মনগন ওন্থোক্তুনা তাতুনা লৈরিবা
মখুং অমনা মপুক্তা, মখুৎ অমনা কনাবুনো নাশোন তেরিবা
মীওইশিংতুনি মখোয়গী শিবগী মরম।

ষ্টেশন মাইকৈ অসিদি য়াম্না মশ্মি
মীওইবগী হকচাং মচেৎ মচেৎ কক্পা লপ্থেলসিদা
তৎতনা চেনলি পোৎ পুবা গাড়ী
অমুক লাক্ই অমুক চৎখি।

মাইকৈ অমদনা যাত্রীশিংনা টিকেট লৈরি।
অহুগা খল্লি ট্রেনগী মথক্তা
মুংশিরবা শাগে নাত্তৈ ইচিন ইনাওপুম্বগী
মুঙাইবা য়াইফবা তুংগী পুল্লী।

অহুবু খঙ্‌হৌদনা কনাগুম্বগী ইঙ্গিতনা ট্রেনগী মৈঙালপুম্বা মুংখি।

মচেং মচেং ভারবা ব্রাহৈশিংগী মরক্তা মীকপ মীরাওখোল
অমমবগী সংসারহুদা কনা অমনা হায়রক্লি—
ঐগী খুং কফ খ্র
কনা অমনা-ঐগী কোক হুখ্রে।
অমমবদা ময়ামগী মিরাওখোলরক্তগী
পিক্লবা খোঞ্জেন অমা ভাই—
'বি ওয়্যার ওফ পিক্ পকেট'।
লৈফুননা মমখ্রবা ট্রেনগী ফল্লাংহুদা
ইহুনা লৈবা খোঞ্জেনসিগী ময়েক অহুম্নু
মৈঙাল য়াউদবনা পাবা ঙমদ্রে।

মিংয়েং

শজিক জম্, জম্ লাউনা হৌবস্নু ফজৈ।
ফৌনা জম্ জম্ লাউনা হৌবস্নু ফজৈ ।

শজিকী মচুস্নু অশংবনি
ফৌগী মচুস্নু অশংবনি।

মান্নদবা হায়ববু
শজিকা শজিকনি
ফৌনা ফৌনি ।

---

# ঐখোয়গী ভারতবর্ষ

ঐখোয়গী ভারতবর্ষ মীরৈবাকী য়েংনফমনি।
ঐখোয়গী ভারতবর্ষ মীরৈবাকী থিজিনফমনি।

চেক্‌শিলু লম্বী চৎপা মীশিং
মফম অসিগী মীং মেরিন ড্রাইফনি।
মফম অসিদনি অতোপ্পা দেশকী
মী লাকতুনা য়েংলরিবা ভারতকী ফজবা।
চেকশিনদ্রবস্থ য়াই
ইম্ফালগী টিডিম রোড্‌কী লম্বীগীদমক
শিলচরগী শিলচর — মাছিমপুর রোড্‌কী লম্বীগীদমক।
লম্বীশিং অসিগী মথক্তা
আলু অপুম্বা মপৈ মপৈ হৈদোক্লবস্থু লেমনা মাংদে
অঙাং শঙ্গু শঙ্গু চেন্‌থোরকতুনা
লমজেন তানা তানতুনা
আলু অপুম্বা হিনজাং নাপি অপুম্বা খুন্‌বা
অতোপ্পা দেশতগী লম-কোয়বা লাকপা মীশিং
মফম অসি য়ৌরকতবা ঐখোয় পুম্বগী
চাউরবা আশাগী মঙালনি।

## লৈপাক্কী মওং থিজিনবগী লম্বী

লম্বেল চংপা মী অমদা হংঙু
চাক চারব্রা ?
শোয়দনা পাউথুম ফংগনি
চারে ।
স্কুলদা লাক্পা অঙাং অমদা হংঙু
চাক চারব্রা ?
শোয়দনা পাউথুম ফংগনি
চারে ।
চহী কুমজা কয়া মতুংদা থিগৎলকপদা
মন্ত্রীনা খুলক্তা লাক্লুনা থিগৎলকপদা
মীয়াম মমাংদা ইকাইহুনা
লম্বেল চংপা নিপাদো
স্কুল কারকপা অঙাংদো
ফজনা পাউথুম পিখিরম্মী
লৈকাইগী চোপতনবা
লৈপাক্কী চোপতনবা
করিনা লম্বেল চংপা নিপাসে
স্কুল কারকপা অঙাংসে
যুগ কয়াদগী ফংলবা মপা মপুগী পাউতাক
ইমুং মনুংগী ফওবা মীঙোন্দা হায়দোকপা ফওবনি ।
মপুক্কিদা য়াম্না চেংনা য়াম্না চেংনা থাজবা মীনি ।'

---

# লৈগী পরেং পুন্থনা ঐহাক মালেম কোইনিংদে

লৈগী পরেং পুন্থনা ঐহাক মালেম কোইনিংদে
ঐগী কৈরোই লৈক্কাইগী মী
ঐগী কৈরোই লৈকাইগী ঈশিং মুংশিং
ঐগী কবিতানি, ঐগী লৈপরেংনি।
মাকম্মদ, বতরউদ্দিন, গুলমহম্মদ
নখোয়গী অশেংবা পুক্লিংনা
ফোংদোক্লম্বা অচুম্বা রা নখোয়গী পুন্সীদগী
মুমিৎকী মঙালনা থাপ্লা থাপ্লা
লোৎতুনা লৈখিবগী রারী
আলি আকবরখাঁগী ভৈরবীরাগগুম্না
ঙসিমু ঙংহুনা লৈরি ঐগী থম্মোইদা;
ঐগী মাইকৈ পুম্বদা নখোয়না
খুন্দাহুনা লৈবনা নোঙ ঙানবদগী
মুমিৎ তাবা ফাউবা
ঐনা উজবা ইমাগী লমদমসিদা
অরা-অনংগী ফৎএবা হিংচাবগী
মরৈ শাংনা শাংনা তিংথোক্লুনা
হিংচাবগী মরৈগী থাখুবা অতিয়া ছমা
শাগংলিবা, শাগৎলিবা ইতিহাস অসিগী নাক্তা
মেহেলগী লম্বীশিংনা য়াম্না পিক্না ম্বোর হোন্‌লকই।



## ফোরবার্দ মার্চ্চ

লেফট রাইট, লেফট রাইট
ফোরবার্দ মার্চ্চ।
লেফট রাইট, লেফট রাইট
ফোরবার্দ মার্চ্চ।
ওইদা য়েংতা ওইদা য়েংতা
মাংদা চংসি মাংদা ;
য়ুম অনা টিননা, য়ুম মগা কিন্থবা
লেফট রাইট, লেফট রাইট
ফোরবার্দ মার্চ্চ।
পুন্সী অমা হৌগংপা, পুন্সী তরা হায়থবা
ওইদা য়েংতা ওইদা য়েংতা
মাংদা চংসি মাংদা
লেফট রাইট লেফট রাইট
ফোরবার্দ মার্চ্চ।
খুন অমদগী খুন, অমদা পুন্সী অমদগী পুন্সী অমদা
ফোরবার্দ মার্চ্চ
লেফট রাইট
লেফট রাইট।

---

নজরুল,. নঙগী বিদ্রোহী
ঙসি ঐখোয়গী থব্বাইনি ।
অরাংবা অনেম্বগী
মায়োক্তা নঙগী অহিংয়া নিংলন্না খোল্লাও
অশংবগী অশংবা ঈথক — ঈপোম,
ওইরক্লে ভারত ইমাগী মচা পুম্বগী
থম্মোইগী ঈচেলদা, নঙগী বিদ্রোহী
হিংনবগী মৈরা ।

---

সমরেন্দ্রগী খুত্থুং ইনবা কৈ

অমম্বদা লৈবা কাংবুদো
অমমবগী পৃথিবীদা মেৎতুনা হাংনবা
অমমবগী লৈকোন শেমগৎপগী মায়োক্তা
নংগী অনৌবা পৃথিবী, নংগী কবিতানি
নংগী মিংচৎতি নংগীনি, নংগী কবিতাদি মীয়ামগীনি

---

## শৈরেং শৈরেংগীতমক্

হয়িং মরৈগী চীংনা
অসুম অসুম্ চংশিলকৃই ঐগী থাবাক্ তম্না ;
ঐগী লৈকোংদা হৌরিবা সনারৈ পান্বীশিংদা
মখোয়গী পোংলুমনা অসুম অসুম্ নন্থরকপা
থাংজবদা রাজরবা থাবাক্না বিদ্রোহী ভৌথংলকপা
বামন অবতারগী মভৌগুমবা শৈরেংশিংনা
ফিজোন য়াউত্রবা মুংশিবা রাহংগী তেননা কাপ্পুনা
ককথতুনা ইমাগী তম্পাক্তা লংশেকপা
য়ারোই শজিবুগী নোঙখোংগা কারকপা ঙাচক্।
ঐগী তুংদা ঐখোয়গী তুংদা লাম্নী কয়ানা
লানবন শেমতুনা মীওইবগী রাহং
মীওইবগী মুংশিবা কয়াবা লাক্লিববু
চন্দ্রাবলী কুঞ্জদা চংজবা শ্রীকৃষ্ণগী মিংথেংগা
অমত্তা ওইন খনলিবা
ঙাচকশিং নখোয় অসুম ইচেলগী মায়োক্তা
কাখৎখিতুনা লমদম অসিগী লৈনাংরক্তা
ঙাহাক্তুং মফাফম্না শান্নাজরগা
ইশিংগী ঈরা চেনবা মতম ঙাইদতুনা
অচৌবা পাংতম্না অমুক কুমথখো।
অতুনতুম কৈরোয় লৈকাইগী মীনা হেম্না মুংশিগনি।
শৈরেং শৈরেংগীতমক্ নিংশিংগনি।



———

# য়ুমগী পাউ

শোনথরক্লা কিনথরক্লবা য়ুমসিগী মন্নুংদা
য়ান্দুনা লৈরি খোংগ্রাউ অমুবা কয়া
মৈগী মুনম কোকত্রিবা বিড়ী মচৈ অমা
তাহনা লৈরি টেবিলগী থক্তা,
মন্নবা লাইরিক কয়া মরোল মরোল
লোন্দুনা লৈরি ঐখোয়বু য়েংহনা।
য়ুমগী মচি অমদা হঙোই খরনা
নোংথি মঙবগী পাউ তাহনা
য়াম্না শোয়ন খোঙলকই।

মনিংদা অমুবা পকুলবা কোনজিক খরনা
অমনা মাইগৈ অমদা, অমনা মাইকৈ অমদা
ফমহনা য়েংলি ইমুং মন্নুংদা শিংলিবা
মুংশিংকী তম্পাক্তা ভাউরিবা বাহং কয়া।

ধনতন্ত্রগী মচাকনা শাগৎখিবা য়ুমসিগী ফক্লাং
ফক্লাংগী অহোবা খরা হুংতুনা
কিনথরক্লবা য়ুমসিগী ইমুং মন্নুংদা
মীওইবগী ঈগী মচুনা শংলবা মুমিৎকী মঙাল
চবুন চবুন চংলকই, চংলকপগা অমম্বদা ফমহনা লৈরম্বা
ইমগী মচা নিপা অহনদো
চাক থোংনবা মৈ চুথৎলকই।

---

## ইমাগী ৱাহং

কালেন থাগী মুংশা শাই,
শারবস্থ শানা অশাবা মুংশাদা
লৌবুক্তা. লৈখোমদা কুমথুনা
লৌরী লৌখোং শেমদবা য়াদে।

ফৌরক্তা হৌরিবা শক্তিকী
মরু ফুকতোক্ত্না ফৌ মখোং শোন্বদা
মাইথোং মচেং অমা
হকচাং মচেং অমা
কা—হংলবস্থ কাহংহন্দুনা
লৈখোম্ লৈনাং মরক্তা. নোঙ মুংশিং মরক্তা
মতমগা লমজেন তাৱহুনা মতমনা লৈরিঙৈদা
পুন্সীগী লম্লেলদা.
অনৌবা ফজবা পৃথিবী অমগীতমক্
অমনবা ফংতবা পৃথিবী অমা থাদোক্পা
করিগী চিংনরি ?
হংলকই ইমানা হরাওনা মচা ময়ামদা
মচাশিংগী মায়থোং য়েংহুনা।

কালেন থাগী মুংশা শাই
শারবস্থ শানা অশাবা মুংশাদা
লৌবুক্তা লৈখোমদা কুমথহুনা
লৌরী লৌখোং শেমদবা য়াদে।

---

মং অমস্নুং তাইবং

মগুদা নুংশিবগী ফুরা
অস্নুম অস্নুম চাউখৎলকই।
তাইবংদা নুংশিবগী ফুরা
অস্নুম অস্নুম পিকৃশিন্নকই।
মগুগী নুংশিবনা লম্ পাকনা কন্লি।
তাইবংগী নুংশিবনা লম পিকনা কন্লি।

---

## ঋৈরতন্নগী মায়োক্তা থৌহুনা চৎকনি ঐগী গাড়ী

ঐনা ঐগী পামজবা গাড়ী অসি
থৌহুনা চৎপদা লম্বেলদা
করি করিগুম্বা মতমদা ঋননা ঐগী লম্বেল
থংপদ্ধ য়াউই, করি করিগুম্বা মতমদা মী কয়ানা
নুঙাইনা হয়াওনা খুৎ থাংগৎতুনা নোকুলকৃপা য়াউই।
করি করিগুম্বা মতমদা নুংশিৎনা ঐবু থৌগন্ তৌবা য়াউই।
করি করিগুম্বা মতমদা নুংশিৎনা ঐগী মায়োক্তা
লৈহুনা ঐগী হকচাংদা অইংবা কাপশিনলকই।
অহুবু ঐদি অহুম থৌহুনা চৎলি
পন্থ্ংকম তন্না, ফম্বালগীদমক মীহৌ চাউবা
কনাগুম্বনা ঐগী নিংতম্বা অদো নমথবগী
বাখলদা শরৌ কয়া শিন্দুনা
ঋৈরতন্ত্রগী লৈবাক অমা শেমনিংলবস্থ
মীয়ামা অচুম্বগীতমক্ অচুম্বা শৌগৎতুনা
মীহৌচাউবা নিপাদুগী মোংকম্ শেমখি।

— — —

## ঙসিদি নিংতম্বা নুমিংনি

ঙসিদি নিংতম্বা নুমিংনি।
ঙসিদি হরাওবগী নুমিংনি।

লাও, লাও, লাও
চারবস্থু চাত্রবস্থু ঙসিদি জাতিগী ফিরানথাদা লেপ্পুনা
জাতিগী ফিরান হায়গৎতুনা জাতিগী ফিরানদা
উৎসি ইকাইখুম্নবা।

ঙসিদি নিংতম্বা নুমিৎনি।
ঙসিদি হরাওবা নুমিৎনি।

কয়া কুইরে নিংতম্বা ফংজবা ?
জাতিগী ফিরান হায়গৎপা উৎসবতা
লাইরিক্ লাইশু হৈবা ঐখোয়না
শরুক য়াবসি ইকাইরক্লে ইচিন ইনাওশা
ঐখোয়না পামজবা নিংতম্বা ওইরক্লে।
হে লৌমী শিন্মী, যৌনা ফনা হায়রো লাও
নুমিৎ অসিগী পাম্বা পামদবা জাতিগী ফিরান থাদা
জাতিগী মীয়ামদা নখোয়না পামজবা রা।
নিংতম্বগী নুমিৎসিদা, হরাওবগী নুমিৎসিদা।

ঙসিদি নিংতম্বা নুমিৎনি।
ঙসিদি হরাওবগী নুমিৎনি।

চারবস্থু চাত্রবস্থু জাতিগী ফিরানদা উৎসি ইকাইখুম্নবা।

## কাব্যগী ফজবা শক্লোন

কাব্যগী জগৎতা ভয়রেনে কবি কয়া কয়ানা
রবীন্দ্রনাথ, নজরুল, সুকান্ত, জীবনানন্দ
মীনকেতন, নীলবীর সুরেন্দ্রজিৎ সমরেন্দ্র, নীলকান্ত
ফজবা শক্লোন খুদিংমক্কী ফজবা খোঙচৎ
মতমগী ঈরৈদা কাব্যগী জগৎতা পুন্সীগী মিৎয়েংদা
তোঙান তোঙানবা মালেম অমামম লমজেন তাম্নহনা
শজিবুগী নোংজু অহানবগা লোয়ননা
চেক্লাগী ঈশৈরক্তা মীরাওখোল মীকপ তেংথাখোনরক্তা
তোঙান তোঙানদা ৱাহংগী তোঙান তোঙানবা পাউথুম
পিরম্মা

তাইবং পুন্সিগী মিহুৎ থোংবু হাংলহনা
কাউরসিগে করম্না চেম্থরিবা ঈচেলনা
হরাওনা ওকল্লিবা পুন্সী পাউথুমপুম্বা ।
ইমাগী নুংশি মঙলানদা মচাশিংনা লমজেন তাম্না তাহনা
মাগী মাগী পুন্সী শেমগৎপা উরগা
লৈকোনসিগী লৈবাংরক্তা হরাওনা পাইরিবা মালংদা
ইমানা তংতনা হংজে মচাশিংগী য়াইফা-পাও ।
মচাশিংগী চাউখৎখোংথাং উরগা
মচিন মনাও তাম্নবা উরগা পুন্সী অর্থ খঙবা
জ্ঞাননা লুমথরবা কাব্যগী জগৎতা ইরুজরিব অহনশিংনা
হরাওরি ।
চাউখৎলক্পা কাব্যগী দোলাইথক্তা মালেম ফজবা মপুনা
সংকীর্তনগী পুং মাংগংরক্তা

মপুগী মিংলেন ঈশৈ শোন্দুনা লৈকোনগী লৈরাংঅমগী
লৈনাদগী

লৈনা অমা লৌখৎতুনা

অতোপ্পা লৈরাং অমগী লৈনাদগী লৈনা অমা
লৌখৎতুনা থাম্মাই শেংগাদা হাপ্লুনা লমজাওদা চংলিবা
ফজবা শক্লোন চাইরা চাইরদুনা।

করিগী তেংথারি ফজবা শক্লোন চাউখৎ খোংখোং উরগা
কাব্য পূজারী কাব্য জগংতা।

মীতৈ কাব্য জগৎতা হৌগংলকপা লৈরাং পাম্বী খুদিংমকপু
চপ মন্নরা লৈহাও হাপ্লুনা

শাৎহনসি লৈকোনসিদা ফুগাইহনস ফজবা শক্লোন —।

ঐদি ঈশৈ শরুপনি, ঈশৈগী শৈহেক্তা তাউজবা
ঐগী পুন্সীনা ঈশৈগী নুংশিবা সুর
তাইবং মালেমগী থবাই থবাইগী থোংজিন্দা নুংশিবা
সুর য়েল্লিংঅ

কাব্য ফজবা শক্লোন শাদোংদা
ঙমজেন তাম্না তাম্মতুনা শকনি ঈশৈ
পুন্সীগী বাহং পূম্বগী পাউখুম পিদুনা
অহিং নুংথিল খাইদনা চুরিবা ইভাগী নোঙসিগা।

শাৎকাইরক্লে লৈরাং খুদিংমক
মাগী মাগী ফজবা শক্লোন পুদুনা
কাব্য পূজারী কাব্য থবাই মিহুন্
য়েংবিউ অশেংবা মন্নরা

মীওইবগী বাহং পূম্বা তোঙান তোঙানবা থনদা
থাংগৎতুনা ;

অহুগা অভিয়াদা অমমবা নোঙগী মচেৎনা কুপশিল্লবা
মেংলবা থাবালগী মঙাল

অমম্বদা কাক্সিন্নবা লাক্করিবা অমম্বা নোঙ মচেৎসিনা
মেংলবা থাবালগী মঙালসিবু

ফজবগী শক্লোন-পুজারীপুম্বা হংগু রাহং
তাইবংগী ওয়াতেনবা ঈচেনদা ভাউরিবা হিদোমদা।

মহৌশাগী ফজবা শক্লোন চপ লেপ্পুনা লৈরি
মলেমগী লৈমায়থক্তা

অহুগা য়েংলি অচুম্বা পাউথুমনা অভিয়াদগী তারকপা
নোঙগী মতৌশুম্না

শংবাননা হৌরিবা লোগী মতম্বাক্তা
নাক্তা লৌমীশিংনা মানা মানা ওমজবা যনবোং শুরি
ফজবা শক্লোনরক্তা।

---

ঐগী কাব্য পুন্সী ম্নাচংলমদাইদা

অথপ্পাদা চংলুই মুমিৎকী লমদমদা
মুমিৎনা মনিংতম্না শাংপা মুমিৎনা মনিংতম্না শকপা ঈশৈ
মুমিৎকী তাইবংদা মুমিৎকী মীনোক্তা
চেক্লাশিংনা ৱাংলবা উকৈদা হয়াওনা তাহৌবা
যুগ কয়াগী ফজবগী খুদম ওইরিবা
শাংবনা ফৌগী ঈপোমনা হন্না হন্না য়েংলিবা
প্রকৃতিগী ফজবগী শক্লোন
অমনা অমগী মতেং পাংহনা অমনা অমবু মুংশিনবা
উংলিবা
নোংচুপকী সভ্যতা
কলকারখানাগী চাউচংপা অনৌবা পুন্সীগী মিৎয়েংনা
মাংখিদবা অমুক হন্না
ঐগী পুক্নিং-কাব্য জগৎতা ।
অনৌবা পুন্সীগী য়াওন খোঙচৎতা
মৈগী অর্থ থিরুবা তাইবং শক্লোন ফজবা
ৱাহৈগী মনুংদগী ৱাহৈ মনুং য়ৌনা
পুন্সী ৱাহং পাউখুম
মচু মচুগী অতিয়াগী মখাদা মচু মচুগী তম্পাক্তা
মহৌশাগী ফজবা অমম্নুং তাইবংগী অনৌফজবা
লেংগোম্না চংপা কবিগী কাব্য জগৎতা
নিংথিরবা মাঙ্গম অমা খঙহৌদনা শেমগৎলকপা
পারী মমোম শক্তমরা পম্ভৌ পাথৌগী শক্তমরা
লৈগী লৈকোন শাৎলিসিনা
ইংলবা মুমিৎকী মঙালদা ইরোইহনা

ভাক্লি অহিংসাগী মন্ত্রদো ভারতকী পুন্সীদো।

লৈকোনসিগী ময়াইদা কল্লগা
চেক্লাগী নুংশি খোঞ্জেন ভারগা খণ্ডহৌদনা হৌরকপা
ঐগী ব্রাখলগী কাব্যদা নুংশিরবা শক্তমনা
চেংনা পুল্লরে ঐগী থম্মোই কজ্জবা
কজ্জবগী থৌরিনা
লাইশোন ঈশৈগা লোয়ননা অকিবা তুজুংবা বাংমদা।

ইথুনসিগী ইচিন ইনাওনা কৌরকপা
থম্মোই কায়বা খোঞ্জেননা
কৌরক্লিবা মিকৌহুগী খোঞ্জেনদো তম্প্যাকসিগী মালেমদা
ইরোইহুনা
লাক্পা কবিগী থম্মোই কাব্য জগৎতা
হন্না হন্না শোক্লবা জগাই মাধাইশিংনা মাংহল্লবা
হোৎনরিবা উরগা
খণ্ডহৌদনা মিৎতগী পিরাং শিম্থি
শিম্থরিবা পিরাংহুগী থবাই মিহুন্
লেম্না মাংবা য়াদবনিনা ইচিন ইনাওশিংগী মাইথোংদা
হরাও তায়ামগী লৈরাং ওইনা শাংলকপদা
কবি ঐগী থম্মোইনা কাব্য কজ্জবা জগৎদো
পিরাং শেংগাদা হাপ্লুনা
হন্না হন্না য়েংলগা অনৌবা অর্থ — মহৈ পুথোকনবা
কজ্জবা-জগৎ — মরু কাব্য জগৎতা থাজবা
ইথৌদাংনি ঐগী কাব্য পুন্সী য়াচংলমদাইদা।

———

বোম্বেগী ভিকটোরিয়া টারমিনেলদা
পাঞ্জাব মেইলগী রিজার্ভ টিকেট অমা লৈবদা
টিকেটকী মমলদগী লুপা কুন হেন্না পিবা
লুপা কুন্ অসিগী মমিং 'শেনজা' কৌই।
মশিং লাকঙমত্রবা বেকার মুপামচাশিং
শিনফম অসিদা হিংজরি মখোয়গী পুন্সীশিং
মসিগী মরু ওইবা লায়না করিনো ?
অরুমনা লায়না লাইশক্ খঙদে।
অনাবা অমগী মপান থোংগী মশকতনি।
'শেনজা' লৌরিবা পিরিবা
ভারত কাব্য জগৎতা
অনৌ অনৌবা মহাপুরুষকী বানীনা
ভারতমচাশিংগী মচরিৎ শেংদোকনবা
হোৎনজনসু, করিগীনো
নোংমা নোংমাগী হেনগৎলক্লিবা ?
'শেনজা' কৌবা য়াহৈসে মশক্ থিবা য়াহৈনি।
মশক থিবা য়াহৈসিগী মরুমরাং
ভিক্টোরিয়া টারমিনেলদতা নত্তে
সমাজ-কায়াৎপুম্বদা শিনথ্বদা
কাব্য-শিল্প ধর্ম অশেংবা করম তৌদনা ডাকনি ?

## সত্যম শিবম্ সুন্দরম্
### ( বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথকী মফমদা )

রবীন্দ্রনাথ, নংগী নচামশুংগী য়ুমদা
চাক্ থোংবা মতমদা চোক্ থোংদবা তাইবং-শক্তম
অকবা ফংতবা রাখল মালেমরক্তা কপ্লিবা পুক্লিং হকচাং
রাহৈ-লৈরোংনা কৎচরি নংগী মপোক মুমিং শজিবু
কুনমঙানি।

ঐগী থবাই মিংশেলদা মঙ কাউরক্লি ইখনসিগী য়ুম-
তাইবং-শক্তম।

লৈপাকসিগী তাইবং শক্তম ঐগী রাহৈ লৈরোংদা কপচবা
লৈপাকসিগী মীনুংশি খঙবা মীওইবা পুন্সী পুক্লিংদা
ওন্নবদি হৌহনবা ইপোম মচা অমৎং ঐগী শৈরেংনা।
খঙজগনি ফংজরে ইঙকশমদা নিংথিবা লৈপরেং অমা।

ইখুনসিগী অরা অনা নংলরা য়ুমু অমনা
থাখিবনি কৈথেলদা মচানিপা অতোম্বা
মখুংতা পৈশা পিহুনা-শোৎনবা চেঙ লৈনবা।
অহল ওইরবা মপাদো অঙাৎবগুম য়েংহুনা অহুম লৈ
থাজাত্রিবা মচানুপীগী মমিংতগী শিন্থরিবা পিরাং।
মশাফবা মচানুপাপাখংদো থবক্ মচা ফংদহুনা
হুইঙাওগুম্না কোইচৎ চৎপা রাজররী লৈপাকসিনা
করি রাকৎ লৈরোং য়েকচগনি থম্মোইদা ?

লৈপাকসিগী তাইবং পুন্সী অপূনবনা লৈরবস্থ মীনুংশি
মাগী মাগী তাইবং পোংলুম্না খাংজরবা পুক্লিংনা
করি রাহৈ লৈরোংনা উৎচগনি মীনুংশি ?
য়েংহুনা অহুম লৈবা নওনা অতে লাইরা খঙজদে।

খণ্ডিঙ, খণ্ডিঙ, তাইবং পুম্নী অপূনবনা
মীওইবগী মচানি লৈপাক্সিগী শক্তমনি।
কাব্য মালেমরক্তা মীনুংশি খণ্ডবা কবি কয়া কয়ানা
কাব্য তম্পাক্তা মখোয়গী মুক্তি পাম্বী থাজবা
শেংফৎত্রিবা পাম্থা তাইবংরক্তা মকোক হাইগৎপা ওমজন্নবা
লাকখিনি মতম অনা থিরকখিনি সনা পাম্বীদো।
রারোরনু তাইবং পুম্নী লৈপাক অসিগী লাইরিক হৈজবা
কাংবুনা
পাদবনি কাব্য পারিবদি খরাই য়াউদ্রবা লাইরিক
হৈবতনি

রবীন্দ্রনাথ নংগী নচানশুগী য়ুমদা
চাক্ থোংবা মতমদা চাক থোংদবা।
পাও অসি শক্তি পাইবা নংগী নচাশিংনা
নুংপাকনা ননশিন্দুনা থম্মি
থম্মি ননশিন্দুনা নুংপাকনা চিরিক হোদবমখৈ
মচাগী মথুৎতগী মমানা টন মুনবগী পাওসু
কিবনা মীনুংশি লৈখা তাবগীতমক।

---

ঐগী মরূপ অমনা হায়রম্মি
পুনচেল ফজবা বসন্তগী মালং চেনবা থবাইপুবা
ইনাকখুনবদা শোগংসি।

ঐসু হায়খিরম্মি শোগংসি শোগংসি।
ঐগী মরূপ অমনা হায়রম্মি
পং তংপা লাইরবা চারবসু চাত্রবসু বাকংচদবা
লাইরববু শোগংস
ঐসু হায়খিরম্মি শোগংসি শোগংসি।
শোগংপগী কাব্যদা শোগংপগী জগংতা
অমনা অমবু শোগংপা
লম অসিগী মী ওইরবদি লাইরবসু ফে
লম অসিগী মী ওইরবদি ইনাকখুনবসু ফে।
মসিনা অনৌবা গণতন্ত্র
পুরকপদা মতেং পাংগনি মীতৈ কাব্য ফজগনি।

---

শৈরেং অমা

লম্বী চৎপা মীয়া
অকুৎ অতোং তাকপা
ফংতা হুদি উৎপা
অফবা লম্বেল পাম্বগী ব্রানি।
ঐগী কাব্য ফজবা
গঙ্গাগী ঈচেলগুম্না
করি করিগুম্বা মতমদা ঈহৌদা
তোর্ব্বান অনিদা পোকহল্লি লৈহাও-তম্পাক্।

---

## লেপ্পা চেন্নবা ঈচেল

ঈশিং পুন পুবী মুপী
লেপ্তনা অহুম চংলি
ঈশিং পুন অথনবা পুহনা
ঙসিনা ফিজোন অমা লৈহেংহনা
হম্বেংনা ফিজোন অমা লৈভেংহনা
কাংলুপ কাংলুপকী বাহংগী বাহং
ফুংদা হনজিনবহনা ফুংদা বাহং
মৈথুগী মতৌশুম ইমবক্লি
ঙাথাক্ চংশিন্নবগা মাংখি
তুরংদা। অচৎপা ঈচেলগী খোঙচৎ
মাংদা লেপ্তনা অহুম চংলি।

---

সমালোচনা

ফাজিনখ্রবা থুং অদো পুক্নিং অদো
শন্দোক্লুনা অমুক্তং য়েংঙু
ফজবগী পৃথিবীদা করম্বা
অশোয়বা য়াউদ্রিবা সমালোচনা
অয়ুক্কী শিল্পারৈগী মতৌগুম
মালেমথক্কা তারক্লুনা কাবা মালেমগা
য়ারি শান্নবা উরগা
হুমিংনা হরাওনা অতিয়া নিকনা
নোকপা মীরোনবী মুপীগী
নোমাগী থক্কী পাড়া ময়েক শেংলক্কনি।

---

য়াকাইরোল

অমুক হন্না ঈশৈরক্তা নমথিবা মনমগী মিহুন
থাপচিন্দুনা হকচাংগী ঈগী ঈরাং
হৌহল্লগা পুন্সীগী ফংত্রবা মিংশেল অমা তাইবংদা
শেমজিবা উরগা পাওমীশিংনা
লোংনা লোংনা ৱারি শান্নরিবা
নুংনাবা চিংনবা কুংশা থিবগা লোয়নননা
অতিয়াগী তম্পাক্তা পাইরিবা চেক্লাশিংনা উগা
মুমংকী থুয়াদা কুংশবা কংচহুনা
নিজকুই হুমিং মক
থানবা ঈচৈন তাম্পক্তা
মচাশা ঈশৈরাং শাংহনবা তাইবং কাব্যজগংতা।

---

কবিতাগীতমক ইখিবা কবিতা

নোংমা খঙহৌদনা

তুরেল অনি মকম অমদা মায়োক্লখি
অমনা চানবগী তুরেল অমনা অথনবগী তুরেল।
নোংমা খঙহৌদনা
তুরেল অনি মকদা অমদা মায়োক্লখি
অমনা চাউবগী তুরেল অমনা চাউদবগী তুরেল।
নোংমা খঙহৌদনা
তুরেল অনি মকম অমদা মায়োক্লখি
অমনা শেংবগী তুরেল অমনা শেংদবগী তুরেল
চাবা চাদবা
চাউবা চাউদবা
শেংবা শেংদবা
বাহং পুম্বা
থাংগৎলু জরাসন্ধগী মতম্বাক্তা
পাউথুম্ব কংগনি মশাগী কান্নবগী মিৎয়েংদগী
করিনা মহাক্তি হীংচাবা সাগৈদা, পোক্পনি।

